# খা অসিনা
# তারুগদবা লমদমদুদা

কোন্থৌজম তোম্বী সিংহ

কে. টি. পব্লিকেসন, ইম্ফাল, মণিপুর

থা অসিনা তারুগদবা লমদমতুদা
কোন্থৌজম তোম্বী সিংহনা ইবা
শৈরেংগী লাইরিক
কে. টি. পব্লিকেসন ইম্ফাল।

ফোঙদোকপা : থিংবাইজম ওংবী অম্ফামনি দেবী
অহানবা ফোঙবা : ফেব্রুয়ারি, ১৯৯৩
লাইরিক মশাংঙ, : ৬০০



মখুম য়েকপা : থাংজম ইবোমচা ( তুকো )
মখুম নম্বা : বি সি পি দব্লিউ, ইম্ফাল।
লাইরিক নম্বা : চনম হেমচন্দ্রা, চাং-ভম প্রেস ইম্ফাল

মমল : লুপা ২৫/-

---

নম্বা : চাং-ভম প্রেস
নাওরেমথোং বজার ইম্ফাল, মণিপুর।

# শৈরেংশিং য়াওকম

# মাওওইনবা রা-হায়

ঐহাক শৈরেং করিনো হায়বা খঙজদে। অচৌবা কবি কয়ানা পিখিবা শৈরেং করিনো হায়বা তোঙান তোঙানবা রাফম থেংনদবদি নত্তে। অমরোমদা কনাগী লমদা শৈরেংগী ৎসি ফাওনদা শুইরক্লিবা মওং অসিসু লোইবা লৈত্রি। শকনাইবা অনৌ অনৌবা কবিশিংগী অনৌ অনৌবা স্বর ঐখোয়না থেংনরি। অদুবু ঐনা থাজবা অমত্তংদি শৈরেংদি থম্মোয়গী অশেংবা ঈকুংনি। অশেংবনি, ডমখৈ নাইদ্রবা মীওইবগী পুক্নিংগী অচৌবা ঈচেল-নি, পুক্নিংগী ইছলনা শৈরেংগী মশকসু লেপই।

ঐগী শৈরেংবুদি ঐনা মশক খঙজ হায়বা তাই। মুংশিনবা হায়বসিনা ঐগী শৈরেংগী হোৎরক-ফমনি। মতম অসু ইংশোক ১৯৯২ গী মে থা অহুরাইদনি। ঐগী থম্মোয়দা ইখঙ খঙহৌদনা নুংশিনগী ঈথক ঈপোম অমা য়াম্না চাউনা কারকখি। ঐনা খনজখি ঐগী থম্মোয়সে নুংশিবনা পিক থল্লবনি। ঐনা নুংশিজরিবদি তাইবংমাবুনি, ঈশ্বরবুনি, পুম্নিবুনি, মহৌশা লাইরেম্বীবুনি। নুংশিবদগী রাহং কয়া থোরকখি। রাহং কয়াগী পাউখুম পিনবা হোৎনরকই।

মুংশিবা হায়বসি য়াম্বা মতিং লৈদা খন্নোয়গী ইছল ওইরমলে। মহাকপু মতম কুইনা ফাজিন পুনশিন্দুনা থবা হায়বসে থক ওইথোক্কে। অতুগা অমরোমদা কোংদোকক্রবদি মুংশিরুবগী অর্থম্বু থোক্কে। রাখল অসি থম্লুদুনা ঐম্বু ঐগী মুংশিবসি কোংদোকপা তঙাইফদদ নীংলত্তুনা কোংদোক্লুবনি। মুংশিত্তুনা হম্না হল্লা নীংশিংত্তুনতা লৈরবা পোৎশক পোৎলমশিং অাসগী মতীক ময়াই শীংথাবনা ঐগী শৈরেং হায়বত্তু ওইখি।

ঐনা হন্দক পুথোকচরিবা শৈরেংগী লাইরিক "থা অসিনা তারুগদবা লমদমত্তুদা" হায়বা অসিনা ঐগী ওইনদি পুন্সিদা অহানবনি। মসিমক পুন্সিদা চাংয়েং মথল অমনি। তেল্লবা মতমসিদা ঐনা হোৎনজরিবসি হিরম কয়াগুম্বা ওমখৈ অদুমক লৈকম থোকই। হৌজিক্তী মতমদা শৈরেং পাবিনবা মীওই তাঙনা থোকই। অদুবু লমদমসিদা লৈবিরিবা সাহিত্যবু মুংশিনা মীওই-শিংনা মিয়েং তাবিরদি ঐগী চাংয়েং অসি মায় পাকলে হায়না লৌজগনি। তুংদা মথা তানা হিরম অসিদা লমজীং পিবিরবনি থনজগনি।

কেঃ তোম্বী

# থা অসিনা তারুগদবা লমদমদুদা

লাংবন থানি,
পানথংলকপা থাজনা
নোংপোক থংবা অতিয়া মকোঙদা
চীংলোম্না চংলি মঙম শান্দনা
তম্না তম্না ;
খোঙথাং য়াওনা থাংলবদি,
অহিং হৌখিবা খঙহৌরোই মতাগুন ;
থাজগী অহৈবা মায়খোং
য়েংনা য়েংনা,
ফগি এহাক্না,
চীংগী খুদং মচা অমদা,
শীক্লবা থাঙপোকশঙগী
মাঙোন উথোকতেন্দা ওাদুনা।

চীংগী হারি মখোম্না
চীক চীক লাউহল্লি
অহিংত্নু,
নাঙগুম ইশৈ শকতুনা শুমলিং,
চীক্লবা অহিংত্নুনা তাইবংবু ;
তুমহন্দে ঐবুতদি,
নীংশিংহল্লি তাম্না লৈ:হৌরবী
রাধিকা।

পুমঙাও ঙাওহল্লে
মহাক্না ঐবু,
হুংথিলবু অহিং ওইনা,
অহিংবু হুংথিল ওইনা
থলহনলে।
মঙলানগী সমুদ্রদা পুথরে
অমুক লুপ অমুক ফাওগং
অতং অথম লৈতনা
শাম্নশি হৌররে।

ঐনা থল্লিবা উরিবা পুম্নক
মকমসিদা,
রাধিকাগী রাধিকা মকতনি,
অত্নুবু খঙবিরমলোই মহাক্নদি,

ঝারিবাস ঐনা,
থৌওইবিদে থন্দুনা
থোইনহুম ঝারৌবিরমগনি ঐহাকপু।

কাউত্রি মহাক্না হায়ৌবা,
"লৈখি লৈখি মফমনা
মুংঙাই হায়হুনা,
কনানা থংবা
কাউথোকখিবা ঐহাকপু,
কাউনা যাবা মতাং লাবপদা।"

"কাউথোকলোইদা রাধিকা"
হায়রম্লগা ঐনা লাকখিবা।
মরক মবক্তা ঐগী বাখলসে
থক্ খা শম্নরকতে,
ঐগী ইনাক্তা রাধিকাহু
ফম্লরবোই নাংহুনা,
ঝাবী শাবি মহাক্না।

"য়েংঙু রাধিকা
অহিংসি ফজদরা
ঐখোয় অনীগী অতম্লনা
শেম্লবা অহিংনিনে।"

 থা অসিনা তারুগদবা লনদমহুনা

"অসুক ফজবা অহিংদি
ঐদি অমুক্তবু উজখিনে।"

"নোংদোন থক্কী লৈচিলগী
হি অসিদা তোংলগা
থা অসি মতুং ইন্দুনা
চংনিংঙ্গ্রা রাথিকা?"

"নওনা হিহোননা
এনা হিনাও শাবা
অতুরা নহাক্কা পাম্লিবসে?"

"অতুগী বা নত্তেদা,
থা অসিনা চংলিবসে
নদায়দনো খঙনিংঙ্গ্রা?"

"ঐসু খঙনিংই,
চংসিরা?
ফজরমগনি মফমতু।"
"চংলসি ঐখোয় অনী
থা অসিনা তারুগদবা
লমদমতুদা, ইংনা মুংঙ, ইনা
পালম্লুরসি মফমতুদা।"

চংলসি রাধিকা হায়ত্না
হন্না য়েংথোরকপদা,
রাধিকাদি নৈরমদরে,
চংখিরমলে মথন্তা
ঐবু ঙাইরমদনা,
চংসি হৌনবদি ঐখোয় অনীনি ;
মকম কন্দান্নদনো ঙাইরমগদবা
মহাক্না ঐবু।

অগষ্ট ১৯, ১৯৯২

## উমংগী লমদমদা

অঙাং নোংপোক ভারতকী
শুক্লা মমলবা উমংগী
লমদমত্থদনি চংলিবত্থ ঐহাক্না,
চাউরা চাউরবা চাংজাউ
পরেং পরেংগী লিক্লাংনা,
মরোল মরোল নাইনা
মঙকশম থন্না শিজিন্দুনা,
লেন্নবগী মতাগুম লেপলি
মহৌশা লাইরেম্বানা অচৌকপা
পাম্বদা ঐনি হায়না।
উমংগী মরকতনি ফাওত্থনা
চংশিল্লিবা ঐহাক্না, খুরবা
থেককোয় থেককোয়রবা লম্বীত্থদা
অরেপ্পা নৈতনা য়োনাইদবৈ।

ঐগী থবায়না কোইপাই পাইত্তুনা
শান্নরি শোংলবা চীংমুং মান্নুং
মরক্কুদা ঙাইহাক পোত্থাদখৈ।

উমংগী উমং ঙাকতনি
য়েংখি য়েংখি মাইকৈদা,
চেল্লিবা তুরেলসু উমংগীনি,
শান্নফম লম্পাকসু উমংগীনি,
মরক মরক্তা হি হোন্দুনা শান্নে,
উমংগী তুরেলদা ঐহাক্তা ;
অমুক হোনগৎ অমুক
তাঙথা ঈচেলগী মতুংইন্না।

কদায় য়োনা চংকদৌরিবা
করম্বা মতমদা য়োগদবা
ঐ খঙবা ঙমদে,
থবায়গী খোঙচৎসে,
তামনা অসুম অসুম
চংলিমখৈ ফজবা হেনগৎলি
লমদমত্তুগী, খল্লি পুক্লিংদা
লাইখৈবাক হায়বত্তু ওইবতাই।
খঙহৌদনা য়োরে খুঙ্গং অমদা,

 থা অসিনা তারুগদবা লমদনত্তুদা

খুঙ্গংতুগী ফজবা নীংথিবসু
অসিনি হায়ফম খঙদে।
থং বে মম। মদা
শকক্তেনবী মুজা অমনা
তরাম হবাম একপী।
"অসোমদা লৈংশিনবিরবউ"
হায়বন্নগা,
চংথি ইমুংলমদা অমুক
ঐ অতমক ফমতুনা লৈহৌই,
তক তকবা কা মচ অমদা,
মহাক্না চংথিবা যেংতুনা,
মিংশেল চনবা ফত্রাংদা।
যেংনা যেংনা অতমক থোরকলে,
ফমথানে এগা নকই।
মহাক্না নোকফং তৌবা মায়থোং
চোকথনা উবনা নাংস্না অনতুনা
অমুক্তং লাওরপ, পাথোক্রগা
হায়রকই, "কন্নিগীনিনা
ঐ খি বকলিবা:"
'মকম সিগী পসি ... সে
য়েংবা ফু. নাকপানি।"

"থোইদোক্লা চম্লবা ইংলবা
অকে অমৌদগী লাপথোক্লবা
কনানসু থৌওইবিদ্রবা
পুন্সি মওংচুনি।"
"অচম্বা পুন্সি মরেন্দুনি
কুগংনা তাম্নরিবসু।"

"হৈসন্নু শিংসন্নু রারকপদা
মতমবু কিনা চৎপদা
থেংনবা অম্বাবা অসিতনি।"
" অচুদি নোংমা ওইরকপা
শোয়রোই অশেংবা নুপী।"

"য়াম্না রাবা পোত্থাবা
য়াওদবা পুন্সি মরেলনিদা।"

"চিনগ খুৎকা মান্নবা
মায়থোংগা খম্নেয়গা তিন্নবা।"
শকতমচুনি উরিবা মফমসিদা।"

"ঐখোয়দি কথোক্লবনি সেবাদা,
সাধনানি পুন্সিসে।"
"অচুমক কথোক্লগদরা পুন্সিচু?"

"অতুম্বু হায়বা ভমদে,
পুন্সিগী মওংবু অসিনি হায়বতনি।"

"অশেংবা মুপী হায়বতু ফংবা
ভম্বা থিরকপনি।

"অশেংবা মুপীদি করিগী?"
"পুন্সিবু অর্থ থোকহনবা
ভম্বা য়েংগদৌরিবা।"
"করম্না?"
"পুন্সিগী অর্থদি অরাবনি,
অতুবু অশেংবা মুপীগী
মেরাগী থাবলগুম ইংলবা
থম্মোয় মরুমদা হিংলগা
অনৌবা অর্থ অমা
থোকপরা য়েংগদৌরিবা।"
"করিগী থিরকলিবা ঐবুনা?"

"ওইরে নহাকসে ঐঙোন্দদি
অশেংবা মুপীগী শকতম্,
নহাক্কী মৈচংলবা মাগুম
লংলবা থম্মোয়গী মঙালতুনা,

ডায়রে মমি ওইনা
অশেংবা মুপীগী শকতম,
ঐগী থম্মোয় মীংশেলদা;
অহানবা উবমক্কদা
নীংথিবী শকতমত্তু,
থোইনা হেন্না নাংথিহল্লে
লমচং বাঙাংত্তুনা অমুক্কা।
নওনা য়াবিরবদি
য়েক্রুবনি পুরগে নীংলত্তুনা
নহাক্কা শকতমত্তু থম্মোয় মুংদা,
উংলুনবা জগৎতা
অশেংবা মুপীগী শকতম্।

অগষ্ট ২৪, ১৯৯২

## লোন্না লাকচগে নঙ্গী নাকতা

থোঙলোন মাপল লোন্দুনা
লোৎলিবা মণি মুক্তাগুম
মমল য়াম্ববা,
অচৌবা নিংথৌরেলনা
চেকশীন্না ঙাকশেন্দুনা
থমলিবা মরূলগুম,
লে.ৎভুনা থম্লিবা
নহাকী থম্মোয়গী মঙালহৎ,
ফাওদোরকলে মচা মচাদা
ভাররে মমি পীরুবা
ঐগী থরায়সিদা।

করম খাঙগনি মুংশিবী
চিরোন খারোনসু হৈজদে,

করি খাহৈ হায়রগা নঙ্না
চানবিগনি ঐবু,
লাকনিংবনা ঙাওরে
নঙগী নাকতা।
লৈফমদা হায়বিয়ু
ননথেকতুনা চংলক্কদবা নত্তে,
থোঙ ঙাকপত্তু নঙগী;
চাং-লেমনা নোনজ পুকচেলনা,
ফংজরগা থৌজাল
অশেংবা নহাক্কা থম্মোয়গী,
শেংদোক্কবা ঐগী থরায়সিনা,
মিংক্রপ নাচম য়েংলগা,
লোল্লা লাকচাগা নঙগী নাকতা,
তিনজগে নঙগী থম্মোয় মঙালদা।

১৩ থা অসিনা তারুগদবা লমদমতুদা

## ওইরমলে ঐবু ঙাওহল্লিবা

হে মুংশিবী !
নহাক্পা ফজরমলিবা,
ঙাওহল্লমলিবা ঐবু,
ওইবমদরে নহাক্কী
খুংশেমগী অকে-অমৌগী
পোৎচংনা,
লৈতেংনা,
শিরিবা নহাক্কা ওকশমদা
হৈক্রখায়বী পরেংনা,
খুংতা খোইমহুম খুদোপ্পা,
নমদা মোইরাং ফীজল ইনফানা,
খ্বাংদা স্না ফাগেনা।
শেংলবা নহাক্কী মায়থোং
মহৌশা লাইরেম্বীনা পিরকপা,

শেমজিন শাজিনবা য়াওদবা,
নোংঙাল্লমদাইদা থোকপী
শজিক্কুম লংবা,
মেংনা থোংনা
মঙাল নাইবা,
ঙাইবংগী অমম্বা
কোকহনবা ঙম্বা মাযথোং,
ডারমদাই মুমিংকা মশেক
মু মচু মানবা কৃচু
লময়োবা,
মীগা লাইগা মুন্নবদা
মীনা ঙমহৌবা,
লাইরবলেনগী চন্দ্র
লাইনুরা অংতাম্বাগী
শুমহংলবা শাবান্না,
ওইরমলে ঐবু ঙাওহল্লিবা।

জুলাই ১৯, ১৯৭১

## মূনা অমুক্তং য়েংবিরকউ

নউগী নংখিবা শুমহৎলবী
শকতম, শেংলবা লরন।
থম্মোয়, অংংম অসুন
চংশিনলকপগুম তৌবি
ঐগী কননদা.
হেংংনবি ঐহাক্ক। চেদা।
য়েম্নবা পাইহেনা নঙী
নাংথিবা শ.' তম্ ।
য়েংলরো, লাকলো নুংশিবী
মান্নরবরা ঐনা য়েকলিবা
ব্রাহেগী শকতম অসিগা
মশেংবা নহাক্কা শকতম অতুগা।
শেংনা হায়রম্মু,
থারবম্নু ঐগী ব্রাহেগী শকতমসে

থোইনা মুংঙাইতবা লৈঙ্গরোই,
পেনজরিবদি ঐহাক্না
হোৎনবগী মহৈ য়াম্লে,
মপুং ফাঙমদ্রবস্থ শকতম
অমতংদি মুংশি থোইরবী
নহাক্না, য়েকতুনা থনমলে;
মালেমদা খঙহৌনবা,
নহাক্না মুংশিবা গুণ অদু,
শকনহৌনবা তাইবংনা।

লোইনাইত্রবা মতমগী
ঈচেলদা তাঙথতুনা
লৈহৌরগনি,
নঙ-ঐগী মুংশি ৱারীসে।

হুনখিন্ন ইকাইথীবা শাতুনা
শেংনা হায়রম্মু নপাউখোনতু,
য়েকলিবসে ঐহাক্না নহাক্কী শকতম
ইকাই ইকি ৱাংমা লান্না
য়েকলিবনি নঙতবু য়েংহনগে হায়বগী।

থোরকলো নহাক্কী খোঙলোন
মাপলতু হাংদোকতুনা,

নত্রগা পীক্লবা মথুল অমদা
মিংকি মপা-মখৈ কাংপা মফমদা
লেপ্লগা মূনা অমুক্তং য়েংবিরকউ,
ঐগী মিংসিগা চান্নরুরবদি,
শোয়দনা কাউথোকনি
ঐগী অরাবসে,
নহাক্কী শকতমবু য়েকপগী।

জুলাই ১৮, ১৯৯২

## হাপপিরো পরায় ঐগী শৈরেংদা

লোইনা:ইদবী মতমগী
ঈচেলগা লোয়ননা তাগথবকলিবা,
কবিশিংনা থারম্বা নহাক্কী শকতম,
থেংনরি ঐখোয়না ইনৌত নৌত্থনা,
হে তনৌ তনৌবা শকহেনবী !
কবিশিংগী শৈরেংদা
থবায় হাপপিরিবী,
নওদি ঐগীসু থবায়গী
থব্রায় ওইবিবনি,
নমিংদি কুংশিবী হায়নবদাই
নদায়দা লৈকই নহাননথৈ ?
নহাকপু থিনদা লোমথ্রবনি
কবি কযাগী পুন্সি
থেংনদনা নহাক্কা।
থোরকলো ঐগী মাওদা,
ইনৌত নৌরবা মায়থোংতু উৎলগো,
থব্রায় হাপপিররো
ঐগী শৈরেংদা।

ঐনবু শৈরেং শেম্বা ঙম্বরা ?
নহাক্না ফজ্জ শকতমবু
থাবা নত্তনা,
থারিবসিস্থু নঙনা
তাকপিবগী থাবনি,
শৈথাবস্থু নহাকনি, শৈথারিবস্থু
নহাক্না নঙাঁক নয়াইনি ।
যগনা কুইরগা, ঋতুনা হোংলগা
থোইনা হেন্না নৌজবী
নহাক্না মায়থোংনি ।
মতমনা শাংথ্রগা
লমদমনা তামক্রগা
নকশিনবা নহাক্না মচৎনি ।
লংনহুনা ঐহাকপু ইকায়বা।
পিগে নাংলকস্ন খুংশিন,
ঐগী নোনজ য়াইহদা
পেযবিহুনা থোকপিরকলো
নীংমা মাংঙদা,
হাপ্পিররো থব্বায় ঐগী শৈরেংদা।

জুলাই ২০, ১৯৯২

২০ থা অসিনা তারুগদবা লমদমহুদা

## খবায়গী মরল

হে হুংশিবা।
নহাক্কী হুংশি মিংলেনতবু
শান্দুনা লেপ্লবনি ঐহাক্কি
ঐখোয় অনী খেংনবা উন্নবগী
থম্মোয়গী অপনবতু ডাক
নংত্তু ঐনা পামজবিবদি।

কবিগুরুদা খঙনবা
কায়ন মৈচাক হায়বদো
'তম্বীয়ু কায়নবস্থ নহাকা।
শকুন্তলাগা কায়নবদা দুষ্মন্তন'
'কায়নরবনি ঐদি,
ঐগী হুংশিবীগা হায়না,'
কোয়না চংতুনা শকুন্তলাবু খিবগুম

থিবা চৎচগে মালেম শীনখুংনা,
কায়নখ্রবী নহাকপু
মফম কৈদা লৈরমগদগে হায়না।
খঙহনগে তাইবংদা
ঐখোয় অনীগী মুংশি য়ারীসে।

মুংশিবা হায়বহৃদি
শিবা নাইদে
থরায়গী মরলনি।
মুংশিবা মুংশিবী হায়বা
য়াহৈ অনীসিতনি
ঐনা খঙলিবা।

অশিবা কৌবা তমথীরবা
লাইহুনা শোকপা ওমালোই
ঐখোয় অনীগী মুংশিবদি,
মচল মঙানা শাবা
হকচাং পোলাং অসিংনি,
অশিবনা মুলহৌগদবা
ঐখোয় অনীদগী।

মাঙফদ্রবা নঙ-ঐগী
থয়ায় মঙালদি

পুম্লংগনি মফম তমহুদা
যাইবারেল শিদবদা।
মুংশিবী নঙ ঐসে
কায়নবা শুকয়া য'বোই,
ঐগা কায়নবনি হ'য়না
নঙনা হাবিবা।
নঙগা কায়নববনি হায়না
ঐনা হাবিবা,
হৌবগী মবম চাবমদ্রবে।
লোইনাইদ্রবা মংমনা লৈবিমখৈ
যুগ কয়া
নঙ ঐ মুংশিনবগী
বাবাসে লোংহৌবগনি।

জুলাই ২০, ১৯৯২

# মতৌ থীবা

হে মুংশিবী '
ওন্থোক্লস্ত মতৌ থি দ নহাকসে,
অতুক থোংল নৌব নহাক্তা
অসুক কনবা তমথীবা
চা যেং লৌগনি হায়বসে
থক থাক্তকদবনি ঐহাক্।

নশু লাংগী নত্রনে।
চাইনপুঙ থে ননখিন্ত্র সভুটড
খস্বা নোংবান অনান। ?
পাস্বা কৈবল ফাখিবস্তু
খস্বা মান। খোইরেন্ত্রাক্ক সমযাইদা

যাইবী মাগী থাখিবস্তু,
মাঙোনসিংনা, মুংশি নঙগী
হৈনা ভুংইনবদা নত্রনে ?
থীখিবদাই য়াংগোই থুকপ থাত্নুনা

পৃথিবীরাজ মহাক্সা,
পুখিবদাই মুংশি নহাক্সা চেন্দুনা।

হে মুংশিবী !
থৌরে হায়বা থাংলেনদো,
কল্লে হায়বা নিংথৌরেলনা পাহবা,
মুংশি নঙগী থাংলেন মযানা
লিশীং অমা হেল্লি থৌবদা।

খাগী লৈবাক্তী লাকপা
ম'ঙ্গিং চাবা হিংচাবগা
ম'ন্ননা কল্লে থৌবে হাযবা,
মোয়দনা কৌবা নিপাদো,
জয় চৌবদা,
পাযখিনা খুৎলাই
মতীক ময়াই লৈরবা,
পাখঙবা মহাক্সা পিথিবা,
পোইবৈ নিংথৌরেল খাগেম্বদা,
থাং-খোবোম্বা তা-খউশুনহা
ময়াইচমগনি নক্সাক্সা মযক্মদদি।

নঙগী নৌর খুদোম্বীনা
চামা হেন্না কল্লে পাঙ্গলদা

ঙুংশিবী নঙোন্দগী হেন্না
থৌবা থাংলেন অথৌবা-
হেন্না তুম্বা তাজিল
মফমকৈদা লৈরমমোই ।

জুলাই ২১, ১৯৯২

## নওদা লাপ্‌থোকপিখিনু
## ঐগী ৱাখলদগী

হে মুংশিবা! ঐগী শৈবেংগী
হৌরকফম ওইরিবী,
ফাওরক্লি নওগী বাখলসে
ঐগী পুক্লিংদা,
ইফুং ফাওবগুম লৈরাইদা,
অরেপ্পা লৈতনা
মেনবা য়াদখে।
ফোংদোক্লরি নওগী
মুংশি ৱাখল,
ওইরি থৱায় নহাক্লা
ঐগী শৈরেং খুদিংদা।
নীংশিংদবা নত্তে
মতম পূম্বদা
ঐনসু নহাকপু,
কাউথোক্লগে নীংলবসু
নখুং হংতুনা কৌবগুম তৌরি,
নহাক্লা ঐবু;

২৭ থা অসিনা তারুকপদবা লমদমসুদা

লৈবা ঙমহন্দে
ঐগী থৱায়সে
মেন তানা থক।

করিগী কৌগি তোয়বা
লৈবমলোইদবা নহাক্না,
লক্লবি করিগী লেপ্পুন্না
লৈবগা মঙদা তুংদা ঐগী।

লাক্লরোইদরা ঙসিদ
ঙাওরবনি ঐদি
নঙগী ৱাখলদা।
লক্লগে হায়বনস্তু নাক্লবিয়
হায়বনিংবা অমা হেক্তা।
হায়বিয়ু,
নঙদা লাপ্থোক্পিগনু
ঐগী ৱাখলদগী।

হিংলিবসে ঐনা
নঙগী ৱাখলদনি,
শেথাবিবসে শৈরেংদা
নঙবুদনি ঐনা।

জুলাই ২১, ১৯৯২

## হে পুন্সি! শৈরেংনি নহাকসে শৈরেং

হে পুন্সি !
শৈরেংনি নহাকসে শৈরেং
মপু মানা ইবা
শৈরেং ;
সুংশিবা হায়বা অসিনা
সুংদা চেনবা ঈচেলনি,
শৈরেংগী থুপ্রবা ।
নঙ ঐনদি খুঙলগোই
মপুমাগী শৈরেংসে,
চংখোল্লবা ।

ঙসি কাওবদা ওইরি
লাপুন, সুংশিবা হায়বসিনা
তাইবংপানগী ।

কুপ্পা য়াওরি
শৈরেংদা,
মতমনা হৌরকপদগী
ইরকলিবা মশীং থিংমদবা
মপু মাগী।

মহা কবি কন্নানা
চুপ্লি লৈহী শৈরেংদগী,
থিরি মুংশিবা মহাকপু
লোংতুনা থমলমবা,
মপু মহাক্না শৈরেংদা।

জুলাই ২১, ১৯৯২

## অতুতনি ঐনা ঙাইজরিবা

ও ' মুংশিবা
হয়েংদি অনৌবা মায়থোং
অমা উৎলগনি নহাক্না
তাইবংপান্দা,
হেন্না নাংথিবা
হেন্না ফজবা
হেন্না নৌজবা
ঙসিদগী পুনহেন হেনবা
অতুতনি ঐনা ঙাইজরিবা ।
ঙবাং শুমহৎথিবা
অতুদগী শরুক চামা
হেন্না শুমহৎলবা
ঙসিগী মায়থোংদো
নহাক্কী, কাউবদি ঙমলোই ।

নোংমা নোংনগী
উংলকলিবা নহাক্কী মায়থোংসে,
য়েংলিবনি ঐহাক,
অতুবু নহাক্কী
মীনা খঙদবা,
মচিং মশোং নাইবী
মায়থোং,
কবি কবিগুম্বদা
উংখিবা নহাক্কা,
উংলকপা থোক্লবদি
ঐ নীংবা কাযবা যাই
মতুংতদি উংপিরক্নু
নুংশিবী।

জুলাই ২২, ১৯৯২

# শৈরেং ওইনা লৈরমগে

হে মুংশিবী !
শৈরেং ইরি ঐহাক্না
শৈরেং পারি ঐহাক্না
য়াওবরা য়েংলি নহাকপু
হাইদোক হাইদোকতুনা
শৈরেংগী লমায় খুদিং ।

কাউত্রি হায়রম্বতু নহাক্না
'পাম্মুবা ! ঐবু
থাবৈরক্কে নাংলবদি
থিবিরকউ শৈরেংদা
লৈরমগে লোংতুনা
শৈরেং ওইনা ।"

করম্বা শৈরেংদনো
য়াওরমগদবা নহাক্না
করম থিগনি ঐহাক্না !

অসিমক্তু হায়রম্মী নহাক্না

"পাম্মুবা! ঐদি থিবদা

খর ৱানা থোক্কনি,

ঐদি শৈবেংগী শৈরেংনি।

মপানথোংগী লমায়দা

ইবা পাবনদি ফংলোই

ঐবু খক।"

জুলাই ২২, ১৯৮২

## খিখিনি নহাকপু থগুনবা

করম হিংশিবা মুংশিবা
নহাক য়াওদ্রবা
তাইবংপানসিদা !
য়েংলু য়েংলু মায়কৈদা
মনশিল্লকলে মালেমসে,
রাত্তনা উমশিনখ্রবদা
কোরৌ অঙানববু,
মনশিল্লকপগুম
নিকুপ পৃংজা খুদিং।
নহাক য়াওদ্রবদা
হরাউ মথোই কারম্বা,
মায়থোং মকা লাম্লম্বা,
মহোশা কৌবী লাইরেম্বীসু,
মুংশুক মুংজানবা
মায়থোং উৎথুনা,

 থা অসিনা তারুগদবা লমদমতুদা

পেরি পেরি তৌনা
থরায় য়াওদ হকচাংশুম
তুমপক লেপলিবা !
লাকলা মুংশিবী !
থরায় হাপ্পিররো
যেংবা ওমলিবরা
মহৌশা লাইরেন্সাগী
শকতমসে ?
খওজরম্নবদি মাওজৌননা
নহাক য়াওবমলোই হায়বসে,
হিংজরনলোইদোবনি চাইবং ওইনা
মালেং নিদা ;
সংকচরমলোইদোবনি পলেমগী
পিবুকমুংদা, রানবা পলেমদা
পিরমলোইদবনি অম্নাবসে
তরা নাপুগী ঐবু ।

করি ওইরে মুংশিবী হৌজিক্তি
লাকশিন্নুরে তাইবংদা
নহাক লৈরমগনি খন্দুনা,
অপাঙবা ঐগী থরায়সিনা
মমুৎ তানা খন্নহৌদবদগী,

অপীকপা অঙাংনা,
অকি-অখঙ, লৈতনা
পোদোন মৈরী লাম্বগুম
পাযগে পায়গে
ভানবগুম মৈদা।

নীলকলে পুক্লিংদা
হন্নদন্দম চংলসিবা
লাইরুমলেন্দা অমুক,
থাদোক্লম্লগা নীংথিরবী
মমলেমসে নহাক য়াওম্রবদা।

ওতুমকন্থ করি থোইনা
অহোংবা লৈতে,
লৈরমলোই নফাকতি লাইরমকেন্দম্থু,
লেল্লুবা তাবনি
নহাক য়াওদনা মকম হুদম্থু;
হল্লরোইদা অহুদি
থিখিনি খঙনবা নফাকপু
মালেমসিদা হিংলগা।

জুলাই ২২, ১৯৯২

## ও ! নুংশিবী চংলবরা নহাক্তি

ও ! নুংশিবী চংলবরা নহাক্তি
উৎলমলগা মায়থোং নঙগী
থম্বালগুম ডাংলিব,
উহল্লমগা ঐঙোন্দা হাইফেং
কোন্নৌ মশেক তাবগুম
পীক্লা মললা যুমগী
ফল্লাং অহোবদা ।

নমায় ওন্দুনা চংলবরা ?
তারমদাই থাজগুম
তুংয়ান ফজবা
নঙগী তুংয়ানবু
উৎতুনা,
য়েংহল্লগা ঐহাকপু
লাকচেক ওইনা,

পানখংলকপা থাজগী
মপুংফাত্রিবা থাজগুম
নীংথিবী নওগী
নাকচেক ওইবা শকতমদা,
খজিক খাকতনা
মালেমগী মুংশিবা পুম্বা পুত্থনা ;
শেংচিন ইনশিন্দুনা
মালেমগী নীংথিবা লৈতেং মখৈ,
ইংনা লমঙানবী
মেরা থাবলনা
ওইরগা ইনর্থা,
নোংচুপ থংবা অতিযাদা
থোকপা ঙাংলি ঙাংলিবা,
মচুগী নোংজাবীনা হিয়াঙ্গেগী,
লিরবা পরেং ওইনা
শিজিন্দুনা নংকশমদা ;
লোয়ারমগী অঙাওবা মুংশিংনা
রাই রাই তাবা শম্মাং
অমুবী নীংথিবী ওইরগা
কেনা হাইনা হুমা
চংথ্রগে অসিরা ?

হননা অমুক ত্তদি য়েংলমখো,
মাঙ্বা তারে মালেমসে,
অরিকপগী মরল শুম্না
চায হায়বগুম,
চন্নফম লৈরগোই।
নুংশিবা '
থাদোকতুনা চংথ্রবদি নহান্না,
ঈশিং ঈচাউনা মাঙ্তাকহল্লবা
লোবুক্কম,
চহীচুপ্পা লৌশিংলনি বানবগুম,
ঙ'নবনি তাইবংপ'ন্সে।

ও! নুংশিবা ঙাখল পরে হন্নগা,
মুন্না খঙ্গরগা অমুক্তদি
হল্লবখো;
য়েল্লমখ্বা নুংশিবা,
নঙগী নুংশিবদো,
নুংশিবা লৈনম য়েনবগুম মালেংনা
ম'লম শীন্থংনা।

জুলাই ২৩, ১৯৯২

## নুংশি করি নত্তাংনো ?

ও নুংশিবী !
পুল্লবনি হায়দুনা নওগী
নুংশি লাঁপুন্না,
হন্না হন্না চেকশীন্না,
পুন্নিবসিবু পুন্দবগুম উরিবা
নুংশি করি নত্তাংনো ?
খঙলরোইদ্রা ঐঙ্গান্না ?
পুনদ্রবনি হায়দুনা
কোমথোক্লবরা চায়বসু
থোইনা হেন্না লাকশিলকপগুম,
লীরেন লীচেপ্পা
পন্থৌ মাঙোল
উথোকতেন্দা পুনবগুম,
থোইনা হেন্না চেংশিলকইবা
কুইর কুইরগা,
নুংশি করি নত্তাংনো ?

খওলবনি হায়না
পেনজরিবা নওবু,
চাউথোকচরিবা মকুপ-মপাংদা,
থ্বারী শাদোকলিবা,
নওগী মরমদা ইরিবা শৈরেং।:
অমতা ওইরমদরে ;
খওলুবদি লায়রতুনা নওবু
থোইনা হেন্না মম্‌শিল্লকলে
ঐহাকতি,
মুংশি করি নতাংবনো ?

জুলাই ২৪, ১৯৯২

## য়ারবদি অমুক্তা খাম্বীমু

ও মুংশিবা !
য়ারবদি অমুক্তা খাম্বীয,
লেপ্পদ্রে য়াদবা মতমগী
খোঙচৎসে,
মহাক্না লেপ্পদ্রে ইযামক য়াগ্রবদি,
ঐগী নোব মায়থোংসে
পুক্নুনা চৎখিবা তাবে,
মহাক্কা লোয়ননা,
শিন্নরম্নগা হন্নলৈমন চন্নবা
মাযথোং অমা ঐঙোন্দা,
কনানা য়েংবিনিংগনি
ঐগী মায়থোংসে মতমচুদা ?

ও মুংশিবা !
করি থোইনা ব্রাক্নগম্নু
নও ঐনা খাম্বদা লেপপিগদবা
নত্তে মতমনা,

মহাক্কী তমথী পুকচেলদি
খওনরবনি তাইবংনা,
য়োংশিনখিবা মকতনি মহাক্না,
ময়া লাওনা কাথোক্লগা
নহা অহল খাকতনা।

অতুবু মুংশিবী,
অচান মীগাই নাইদবনি
অচৌ অপীক খায়দবনি
লোইনা পুখিনি মহাক্না
মাগী মাগী মতম লাকপদা।

ও মুংশিবা।
করিগী অতুক থাজব
থমলিবা মতমদা,
কাউরবরা মহাক্তি
হুরান লান্না
হৈবনি হাযবসে,
হুখিবা নপ্রা মহাক্না?
ঐগী মোল্লবা খজাইসে,
শুইরকলে ওসিদি
হৈরী মকুগুম মওপ-মওপ্পা,
ঐগী মুর শমলাংসে

লেঙ লেঙ চৎল কৌনাগুম
মালংগী শউম ফংবদা,
হাইনা হুম্না জগোই শারম্বা
কনা থিংহৌ উম্বগে,
মানা হুখিবদা,
হুখরে খঙনা খঙনা ?
অহুবু মুংশিবা,
পূম্নমক লোইনা
পুম্ববস্থ মতমনা,
নঙ ঐগী মুংশিবদি
পু৷খবা উমলোই থক্ ।

জুলাই ২৪. ১৯৯২

## করিনুংগী শৈরেং ইরুবনো ঐখাক্তি

ও মুংশিবী !
শৈরেং চামা চামনি
ইগে নীংলিবা ঐহাক্না,
শৈথাতুনা নহাক্কী
মুংশি শকতমবু,
য়ৌগনি হায়বদি
নীংত্রে ঐগী পুক্নিংদা
নঙনা নীংলিবত্থু,
ননীং থুংহনবা ঙমগনি
হায়বা থাজদরে ঐহাক্না ।

থল্লকলে ঐগী পুক্নিংদা
লোইনা চঙ্খ্রবগুম,
নঙগী নীংথিব ফজ্জব পুম্বা

খোর্জেদা,
কলিদাসকী,
সেক্সপিয়ারগী,
খাকলমদথৈ খজিক্
ঐগী শরুক,
ইকাইবা পিগে হ'য়বা
মতাংগুম শৈথারক্লবদি
নওবু ঐনা।

করিনুংগী শৈরেং
ইরুবনো ঐহাক্তি,
নওগী নীংথি শকতমদো
শরুক মচেং অম। ফাও
য়াওরমদরে ঐগী শৈরেংদা,
নগুংলাংগী ইকাই
ফারুক খুমলেদো ঐহাক্তি।

জুলাই ২৫, ১৯৯২

## নঙ্গী নুংশি চাউবা থম্মোয়দু

৩। নুংশিবী নঙনী
নুংশি চাউবা থম্মোয়দু
কাউঙমলোই কৈদৌনুংদা,
পাক মালেম তম্পাকসিনা।
নতম্পাক হৈবগা,
নোংদোন লীক্লানা
খোম্লাং অমৃত হৈরগা
খোম্লাং ইনাবরিবা,
অরেপ্পা লৈতনা
তাইবং পুন্সি হাপপিরিবা,
শুম্বীশিবা নতম্পাক্তা,
নোংঙাল্লকপগী ঙাওনবা

কোরৌ মঙালনা,
কোন্‌নফী ওইত্তুনা কোনবিন্নিবা,
লিরিন্থুম্বা মালংবনা
থুমাই থৌগল তৌরিবা ।

শেংচিন ইনশিনবিত্তুনা
মহৌশা লাইরেম্বীবু,
শংবান্নবা চরৈনা
য়েনীংথা লাক্লবদা,
হাপপিরিবা থরায়
মহৌশা লাইরেম্বীদা ;
মচু মচুগী হৈরাং লৈরাং
পাম্বীনা শান্নপোং ওইনা
উংলগা নাওথেমলিবা,
খোয়রাং খোয়শাউনরবা
পুক্লিংবু ।

কালেনগী মুংশা মৈশানা
মুংশপান ওনথৈ শারবদা,
ইংছললিবা মালেমসে,
কুমগী নোং থিকতুনা
ইঙা ইঙেনদা ।

নিংথমগী উল্লেন্না
তর তর চিংশিনবখৈ
ইংলবদা, চীংদা লাম্মৈ
উৎতুনা মৈশা ফাওহল্লিবা,
কাউওমলোই মুংশিবী
নওগী মুংশি চাউবী
থম্মোয়দু।

জুলাই ২৬, ১৯৯২

## ঐগী থবায়দা থবায়দুম
## হাপ্লিবা ওইরমলে

করি পোৎশক ওইরিগবা
ময়ংশিবা হায়বা অসিবু ?
মহাক্না শেম্নরি হুগদবগী
লোম্না ঐগী থবায়বু,
অচৌকপা তাঙ্গা য়েংলগা
কৌথোকলি মিৎচি খৎতুনা
পুরি ঐবু লমজাংতুনা,
নোংমদোন লৈচিনগী
উমং তমনা।

শান্নসি হৌরিবা কেকু লোৎপী
মফমদুদা কনা য়াওদন,
মাগা ঐগত ;
শান্নবগী পেনবা নাইদে
মতম কয়া কুইনা অশুম
শান্নখিবনো হায়বসু থণ্ডদে।

করিগুম্বদা পুবিখি ঐবু
মঙ্ লৈবাক্তা নুংঙাইথ্রবা
ফজখ্রবা মফমদা,
অমুক্তা উদ্রিবা,
ঈশিংনা নীক্ নীক্ লাউবা
ল্পা মহাগুম লববা তুবেলনি
চেল্লমলিবা,
খোঙ য়াম্থনা ফমদুনা তোর্বান্দুদা
শান্নখি ঐখোয় অনীত,
খোঙনা কাও বাওদুন
ঈশিংদা।

তুবেলগী মখিন পাংনা
অসুম অসুম চংখংখ্রগা,
থেংনৈ চাংযাগী লম্পাক
নীংথিনা অমা ইশং শংবা,
অশংবা কীবাংজা
থাবগুম লশনানবা
শান্নে মফমদুদা
চেন্ চোংনা
থবো থরো ওন্দুনা তমুক
ঐখোয় অনীত।

ঙাইহাব শান্নরনা তুংদা
চেনখৎলি অমুক চীংমায়
তম্না অস্থুম অস্থুম,
ঈলম্মী মফমতুদা
পাক্লবা থেল অমা,
ৱাংবদা নোংমদোন
ওম্মায় য়োৱবগুম খল্লি;
থেলতুদা ফনতুনা যেংথবি
মালেম তম্না ইখোয় অনীনা,
মালেমগা মফমসিগী ফজবগা
খেন্নবতু উরি।

পেনজবা মুংঙাইবগীস্তু নপান নাইদে,
মঙনি তাইবংনি থঙাখিদে,
মঙস্তু তাইবংস্তু অমত্তা ওইখি।

ঐগী থৱায়বু হুবা
লাকখিবরা হায়ববু,
ঐগী থৱায়দা থৱায়তুম
হাপ্লিবা ওইরমলে।

জুলাই ২৭, ১৯৯২

## মরক থৎখ্রবদা অশিবনা

ভরাং ঐগী মঙলান্দা
লাক্লমই চান্নবহ্
মহাক্লা নোঙ্গাখ্রবা
চহী কয়াগী তুংদা,
মহৌশাগুম লেপ্পরি
ঐগী ইমাঙদা,
হায়রকই ঐঙোন্দা
চিংনা যেংলগা,
ভনিক তনিকপা খোঞ্জেলনা
"কাউরবরা ঐবু চান্নবী
মতম অমদা
ঐখোয় অনী
য়াশক তেমশিংনহুনা
সুংশি পরৈনখিবা,

অমত্তা ওইনা
চান্না-চিন্ননা হিংমিন্নখিবা,
ঐনা হায়রিমখৈ
নঙনা ইনবিবদা,
থঙদবা মীনা
ঐবু নঙনা শুমহংলবা
ওইনা উখিবা।

কাউদ্রি নহাক্না হায়খিবা
'চান্নবা' ঐসে ওইরবনি
নহাক্কী মপোক মপোক
খুদিংদা চান্নবী হায়বতু'।

নোংদম্বা মহাক্কী
নোংদম খোন্না কনবনা
থাদোকতুনা চংখিবনি
হুঞ্জেক্লম্নগা নহাকপু
নিঙঙাইদনা মালেমদা;
অতুবু চান্নবা,
তমতুনা লোইশ্রবা মহাক্কী
নোংদমখোন খল্লুহনা
কান্নদরে হৌজিক্তি হৌখরে।

লাইরবাক্তা লৈবিবা ঐহাকসে
কাউথোকপিবমালে চিংনবতুনা,
মবুক থৎস্রবদা অশিবনা,
লাক্রবনি ঙসিদি,
লোকবগে ঐগী মুংশিবা
লোৎতুনা থম্মবা চান্নবী
নঙগী থবায মকমদা,
থোঙইবিদ্রবদা নহাক্না,
শক্রগা,
ইপাউখোনসে হাযবম্নগে —
থাদোকতুনা চৎলবস্তু
হকচাং পোলাং ঐগী
থবাযস্তু হকচাংস্তু মচেং
খাইবম্নবনি নঙ্গেন্দা।
শাংশিংবিদ্রবস্তু মুংতগী,
চহ্‌ কযাগী মন্নংদ,
শিংকুপ অমতাংদদি
নাংশিবিযু ঐগী থবাযবু।
কাউবিগনু তেংথাবিবা
নঙগীদমক ঐনা,
থেংলবা অহিংদা
নোংয়াই ইচাক হুন্নবদা,

তাবকলিবা নোংপোন লীক্লাদো
হনবিম্নু চান্নবী
তাখিবা পিরাং মরিকনি
ক্ষপচবদা নঙগা কায়নবদা।

ইঙা ইগঙনগী মতমদা
তম্নু তমুবা লৈচিন
মপৈ মপৈ
কাবকলিবা নোংপোক থংবা
অতিযা মকোয়দা,
তবেই তখম নাইদখৈ
নংখাযবক্কদৌবগুম উহিবা,
মমলবা ঐগী থম্মায়নি
পুমম্ মমলবা,
লৈহাক্কী নতৌ য়েংবদা,
যাবেক য়াতামিন্নবা উবদা
শংবখঙদবা লমলংনবগা নহাক্কী।

অকনবা যুহার লাকপদা
চেকখায়রবা মালেমসে,
থম্মায়নি ঐগী চিংখায়রবা
অনীথোক্লা নঙগী নতৌদা।
পিথোকপিরকলো চান্নবী

ঐগী মুংশিবদো লোৎতুনা
থম্মম্বা অসুক কুইরবসে,
হায়বম্মগা চৎখি চান্নবতু।"
"পেন্নবা মিৎসিনা অমুক্তং
যেংজহৌগে হোৎনবদা
ঙমখিদে।

চান্নবতুনী থবায়গী
তংথাখোনতু তাবদা
ঐ মঙফা ঙনরকখি,
খনখি পুক্নিংদা
ইবাল লৈরবগুম,
খঙহৌদনা নীংশিংহল্লি
মতম অমগী পুন্সি,
চিংনরকখি পুক্নিংদা
উঁবু উরববা হায়না
ঐগী পুন্সি মওংসে
চান্নবতুনা লাইরৈবাক্তা।
অশেংবনি কথোকখ্রবনি
ঐগী থবায়সু হকচাংসু
চান্নবতুগী মফমদা,
পুনশিনখ্রবনি মুংশিলীপুন্না

থদংপা ওন্নরোইদবা
মতমনা,
ঙশিবনা।
অতুবু থন্নুবে ওসিদি
থদংখ্রবনি লীপুন্দ্র,
অশিবনা মহাক্কা
তনথীবনা নখুংতুনা
নতং-মতং তংপ নখে ;
মহাক্কা পুখ্রিবদি
শুপ্পগী হকচাং পে'লাং
অতুতা ঙহৈরমলে চান্নবতুগী।
পুন্সিগী হেকমায কাবকপা
তানফমদা মাবায়থোক্লুবমান্ন
নুংশিবা হাযবতু,
ঙহৈবমলোই ওপাং ঐগী
মঙলান্দা লাব্রমবতু
চান্নবতুস্,
মহাক্কা থব্রাযস্ ;
ঙহৈরমগনি লাকপা
নুংশিবা কৌবা লাইতুনা
লৌরতুনা শকতম চান্নবতুগী।"

জুলাই ৩০, ১৯৯২

৫৯ থা অসিনা তারুগদবা লমদমতুদা

## ফীজংগী বাংমদা

ফীজং অসিতনা খনজিন্দুনা
ঐখোয় উবা ফংদে,
খঙবা ঙমদে কন্নিনো লৈরিবসে,
তাইবংপান অসিদগী হেনবা
তাইবংপান অনা
শোয়দনা ওইরম্বা য়াই।
ফীজং বাংমদগী লাউরকপা
খেন্থোংনা য়ৈররি
ঐগী থব্রায়সিদা তোয়না,
'তারি উরিবতুনা লোইবা নত্তে,
থব্রায়গা হকচাংগা
অমত্রনি নীংঙ্গিবদো
তোঙান তোঙানবা
পোংশক ঙাকতনি ;

খরায়দি নহা অহল খায়দবনি
হকচাংতনি নহা অহল খায়রিবা।
মতমসু ভাবনা শাবনি
তাক্কক নাইদবনি
অহৌ অরোই লৈতবনি।
থিন্নিবা তাইবংপানসু
লৈবা নত্তে রাংমদা
তাইবংপানসিগী,
নুংদা আঃ মুংদা
ঐখোয় ঐখোয়গী
চাউরবা তাইবংপান্নি লৈরিবা।
অশেংবা, ফজবা,
অচুম্বা,
লোইনা লৈবনি অতুপ্পা।
অনিং-থা থৌরানমিচাক
খোংজোমনুবী শুনা খোকলি,
অনম্-অঙান খায়রি
ঋতু নাইরি,
নুংশিখ্বগী তুংনফম ওইরি
লোংফম ওইরি
শান্নফমসু ওইরি।

অগষ্ট ৪, ১৯৯২

# পুন্সিগী লম্বীদা

করি থৌদাং পাংথোক্লরবা
লাকপনো ঐহাকসে মালেমদা,
পীক্ত পীকলিঙৈ অঙাং ওইরিঙৈ
খল্লুদে কৈদৌনুং য়াখলসে ;
শয়ায় চনশিন্নরুবদা লম্বীসে
পুন্সিগী, অপুনরে য়াখলসিনা
নোংম নোংমগী ।

য়ারে থবায়সে
খোঙ্গুল কাওবা তাহৌরোই,
নোংমা থাদোকপদা মালেমসে
য়াইথৈগদবগী ওইরিবা,
মতম কৌবী তমথীবী মহাক্না ;
খুউশেনবা কনানা মতমবু
নমহৎনুনা চংখি,
থনমই খোঙফম চাউনা
খোঙ্গুল লিরকনবা তুংদা ।

তুমখুন হুন্দুনা লৈথোকলি
খণ্ডদবা কন্নানা,
মঙ, মঙ,লি মুংঙাইরবা
নোংমতা হৃংলুদে পুন্সিগী অর্থ।

পোম্বাশঙনি মালেমসে লম্মাখাঙগী,
উপালনি মনা পুঙসবা,
য়ারেক কায়দোংলিবা
পোম্বী চেক্লানা,
মকোন তমনা পাইবদা।
লমলানবনি ঐখোয়দি মালেমদা
শাইদাংবনি মতম থম্নগী,
নোংমা হনখিনি ইরমতমনা।

করি তৌবিমল উংতুনা
পেলহনগনি য়ুম্ব্রসে,
পোকপদগী চাউবফাও
চাউবদগী শিবফাও
ঙংপি নৈবিরম্নিবসে ঐহাক্না।

কাউওমলোই থোজানদি
য়ুম্ব্র য়ুম্ব্রেম্বী অনৌগী,
ইংল তপ্ল পুকচেলনা
নাউকোনবিরিবা,

শিল্লম শিন্থা তাকপিরিবা
নোংমা কাংদনা শিনতম্বীগিবা ।

খঙগনদবা ঐনা খঙদবগী বাংনি
খঙদবা মপা লাক
উদবা মপা তম্
মারি-মারি চংলি ঐহাক্না
পুন্সিগী লম্বীদ' ।

জুলাই ১২, ১৯৯২

## খম্মোয়গী তাবুনুংদা

ঐনা য়েকতুনা থমজিনখিবা
শকতম চামা চামানি,
মরোল মরোল লোনশিন্দুনা
খম্মোয়গী তাবুনুংদা।

নোংমতা য়েংলুদে
শকতমশিংদু পুথোকতুনা
মতম অসুক কুইববসে।
লৈত্রি লেপপদি
শকতম য়েকপা,
নোংমা লাকখি থঙহৌদনা
কুপ্পাবিকা,
লেপলরে ঐগী মাঙদা,
হায়রকই "লাইয়েকপা
ঐগী শকতম অমতা য়েকপিগেরা?

"য়েকপিগে ফনা তান চারে
মোডেল লৈতহনা লৈরমলিধনি,
শকতম য়েকপা লোইদ্রিক্তাও
লেপলরো ঐগী মাঙদা।
"কয়া কুইনা লেপকদৌরিবনো ?"
"য়াম্না কুইনা লেপকদৌবনি,
ঐহাকতি তুলি পায়তুনা
কেনভাসতা য়েকপা
লাইয়েকপতু নত্তে।"
"অতুদি করম য়েক্কদৌরিবা ?"
"থম্মোয়দা,
থম্মোয়গী কেনভাসতা
পুক্লিংনা তুলি ওইবগা
নহাক্কী থম্মোয়বু মাঙদা
থম্নগা য়েক্কদৌরিবা।"
"মখল অমগী লাইয়েকপা
হায়বতু ওইরে,
নহাক্কী মোডেল ওইবা হায়বসি
তরাই তরাইবা ওইরোইদৌরি।
"নপুক্লিং হনখিন্নু
হোৎনরবদা ঙমলোইদবা করি লৈবনো ?

নথম্মোয়দা শেংউ
নপুক্লিংদা লেপউ
নোংমা ওইরক্লনি নহাকসু
মতীক লৈবী
ময়াই চেনবী।"

"লাইয়েকপা!
শকতম য়েকপিরগনু
ঐ নঙগী মোডেল ওইবা ঙম্লরোই।"

"কুপ্তাবিকা!
ঐনা নঙগী শকতমসে
ফজনা পুথোক্লদোবিবনি,
পৃথিবীগী মীয়াম মমাংদা।"

"কয়াম ফজননোনে?"

"মোনালিসাদগী ফাওবা
হেন্না ফজগদোরিবনি
নহাক্কী শকতমনা।"

"নহাকতি অতুপ্পম্বা শকতমদি
য়েকপা ঙমগদ্রা?"

"নহাক্কী পোমশাংনবা থম্বালগুম
নীংথিবী মায়থোং

অদুদা নত্তে
ঐনা য়েক্কদোঁরিবা,
থাজগুম ইংনা
নঙাল নাইবী
নঙগী থম্মোয়দুদ্
মাওনা য়েক্কদোবিবনি ।

"অদুগুম্বী মুপীবু মফমকৈদ;
ৈলবমখিগনি ?"

নহাক লৈরিবসিদি
কুপ্পাবিকা
নতৌক ময়াই প্রমমক
নঙগী থম্মোয়দা তুংদুন"
লৈরিবনি ফদিনা য়োম্বা
মণিংগুম্,
নশানা খঙদবগী রাতনি ।

"নহাকতি করম খঙলিব'
লাইয়েকপা ?"

"নহাক্কী মায়থোংদু নাত্তে
ফংজ হায়রিবসে ঐহাক্কা,
অশেংবা ফজবদি
নংগী থম্মোয়দ লৈরে,

অহুবুনি ঐনা য়েকনিংলিবা "

"থম্মোয়গী ফজববু করম

য়েকদৌরিবা ?

"লৈগী মগুন লৈনমদা

লৈবগুম, মুপী ওইবী

নখোয়গী ফজবদি

শাক্তংত্তা

রাঙাউদা

পুকচেলদা লৈবনি ।"

"চুমইদা অহুবুদি,

নোক্স চাউবা তাইবংনি

খউনা চংচরিবনি ।"

"অহুবুনি ঐনা তানিংলিবা

নংডান্দগী ।"

"লৈগী লৈনম মুংশিংনা পুবগুম

মীগী মনমস্থ মীনা পুই,

মশক ফজরবস্থ মেনকাবু

কনানা লমচং নাইবিনি

হায়নখিবগে ?

মহাকপুদি সীতাবুনা

থোইনা মুংশিনা শোম্নরি ।"

 থা অসিনা তারুমদবা লমদমমতুদা

"ঐদি শুমহংলসনি নহাকী
সমচং, ব্রাঙাঙ পূকচেলনা,
অদুবুনি ঐনা থিরিবা
নঙগী থম্মোয়দা,
লাপা চৎতুনা
মালেম থুংনা কোয়দুনা
থিগদবা নত্তে,
সতী হায়বদু
অদুমক লৈরবনি
নঙগী থম্মোয়দা।
কন্তুবা কৌবা শাদুনা
মশাদা য়াওরিবা মুংশিবা
মনমবু য়াওই খঙদদুনা,
উমং শীনথুংনা কোয়চেন
চেন্দুনা মুংশিবা মনম থিবগুম,
সতীগী মতাক ময়াই পুম্বা
চেল্লবসু নহাক্না খঙদবগী
রাতনি।"
"লাইয়েকপা!
ঐগী শকতমদি য়েকপিরোইদৌরিনে,
অদুদি ঐ চংলগে?"

কুজাবিকাদি মহাক্কী শকতম
য়েকপিদ্রবনি খন্দুনা য়াম্না
মুংঙাইতনা হনখি ;
অদুবু,
মহাক্কী শকতমদি য়েকপা লোইরবনি।

জুলাই ১০, ১৯৯২

## মীতাদবা লমদাম অমদা

খাবক্না পুমডাল ভানবা
অহিংদনি চংলিবতু ঐহাক্না,
শৃংনানবা পুমলং লংবা
লম্বীদা,
ইথন্তা ! ইথন্তা !

তারি মীচীক মীরাওখোল্দি
থারী থাতাই শান্নবগী,
ভরং ভরং
মাঙদা তুংদা
মাইকৈ কয়াদা,
অতুবু
উদে কনাস্থ মাঙদা,
হন্না য়েংখিবদা
তুংদস্থু,
ওইরম্লে চংলিবতু
ইথন্তা ! ইথন্তা !

লম্মুকনবস্তু নত্তে ঐহাকসে,
ইচাউ চাউনা
উরি লম্বীত্থ
তামনা চৎখ্রিবা,
চিংনবা পোকছন্দে
অকিবা অরাবা
রাখল মরিক তমত্তা
ফাওহন্দে ঐগী থম্মোয়দ.
মুংঙাইবা রাখলতনি
ফাওরকলিবা ;
চঁশতনি ঙংলিবা
চংনা চংনা
ঐহাক্লা,
খাঙবুতনি য়াওদ্রিবা
ইথন্ত্রা ! ইথন্ত্রা !
লমদম কন্দায়দা চৎলিবা
অহুতনি খঙদ্রিবা ।

মঙস্তু নত্তে
ভাইবংস্তু নত্তে
উবগুম তৌরি
মাঙদা খুঙ্গং মচা অমদি ;

মতু তম্না
চংলিবর্নি খনবগুম
তৌরি ঐহাক্না ॥

মীতাদবা লমদমসিদা
করিগী লাকপনো,
খল্লমই অমুকস্থু ঐহাক্না,
মুংঙাইরিবা ফজরিবদি ঙক্ই
অতুদি করিগী চংলোই মফমসিদা ।

য়োরবগুম খল্লি খুঙংতু
য়োব কৌবদি নাইদে,
চোকথরকলে ইশাসে
য়ুমদা হনগনি হায়বস্থু
কাউথোকলে,
চংপদি লেপত্রি
ইথন্না ! ইথন্না ।

মারবা মতমসিদা
কনানো অমতং
ইতেং পাংবিরবদি
মুংঙাইগনি,
ঐবু মঙলা-হারা
খঙদরেনে ।

ফমথরে মফমতুমকতদা
উপাম্বী অমগী মখোঙদা,
রামনখিত্নুনা লমশাং
লাকপগী,
পোখ্নারগে নীংলত্নুনা
ঙাইহাক পোখ্নারিঙেদা,
কদোমদগী লাকপনো
থঙহৌদে,
মশক মতৌ ইংলবা
ফিভৌ শেৎপা
মায়ায় চল্লবী
মৌ নহা অমা
লাকত্নুনা লেপ্লরে
ঐগী নাকতা।

হায়রকই য়াম্না
ভুংশিবা খোঙ্জেলনা,
"বারবিগনি পোখ্নাকরসি
আদগী য়ুমসিদা।"

ঐনা হংখি,
"খুঙংত্নবু য়ৌরবরা?"

"যৌবে খুঙ্গংস্দিনি
পে'খা'রুগদবসে ।"
মহাক্সা যন মচা অমগী
মা'ঙ্গান্দা ঐবু কমথঙ্গল্র,
হ'যবকই, "ঐগী তম্পাক মর
ভুমবো মুংঙাইনা ।"
ঐ তত্রংক ভুমথবে ।

অগষ্ট ১২, ১৯৯২

## ফুংশি মপাউ

আলংবা মানস্থু পুরকই
পাউজেল ফুংশিবগী,
থম্না থক্কী লাইজনস্থ
হায়রকই ফুংশি মপাউ,
কুন্দোগী অঙৌবালৈনদা
ইনকই ফুংশি চিঠী,
খুমিদাংবাইদা পাউমেল্লকই
থাবল্লেদা নোংশিংবিয়ু.
অহিং লীক্লাদা হায়রকই
হৈদোকপিয়ু তুম্বদগী,
পুথিমা খাজদা নেক্লকই
ৱাল্লী শাবিয়ু ইপাউ খোনসে,
নোংডাল্লমদাই শক্তাকতা
হুয়হৌই পাউদমবিয়ু
ফুংশি মপাউ খোন্দু।

সেপ্টেম্বর ৬, ১৯৯২

## চংবী লায়োনগুম নৌরবা

চংবী লায়োনগুম নৌরবা
নহাকী থম্মোয় লকাম্নুংদা
করম চীকখিবা তীলহুনা ?
লোম্না থুম্না চংলকতুনা
করম শেমখিবা
নঙ-ঐগী মরীসে
তংন থা-ন-বা ম্নাত্রবা
থুদম চাংদমসু হায়বম খঙদবা
মুংশিবা হায়বসে ।

হায়দোক্লমুকো কনাদসু
নঙবু ঐনা মুংশি হায়বসে,
হায়দোকলোইকো ঐহাকসু
নঙনা ঐবু মুংশি হায়বসে,
ঐখোয় অনীতা খঙনসি ।

সেপ্টেম্বর ৭, ৯২ ইং

# করম থাদোক্‌নুা চৎলসিগে

করম থাদোক্লনা চৎলসিংগ
ঐগী পীক্ল মললা
লায়রা খাঙংপোকসে,
মুংঙাইবগী তুংনফম ওইরিবা,
অগাবগী পোংখাকন ওইরিবা।

চৎচনিংদে থাদোক্লনা খক্
লৈরক্লবনি ঐনা পোকপদগী
নঙাক্লদি হায়রিবা মরুপলোই
থাদোকলো থুদেক্লমউ
মল্লবা খাঙপোকতো
চন্‌নফম করি লৈত্রবা।

নঙাক্লদি খঙলরোই
খাঙপোকসিগা ঐগী থরায়গ
লৈনরিবা মরীসে
তংন থাংনংবা য়াত্রবা।

সেপ্টেম্বর ৮, ১৯৯২ ইং

## হায়মু লাইনীংবা !

হায়মু লাইনীংবা !
ফজবগী তুংনফম
নাংখিবগী হৌবকফম ওইরিবা,
নহাক্কী থম্মোয় লকামুংগী
চাক্লবা কাচিন্দুদা,
অতুক চেকশীন্না
কনাগুম্বনা খঙ-উখিনি মতাংগুম,
লাংলিবা শকতমদু
করি শকতমনো ?
কবি শকতমবু ওইগনি,
জগংপু লায়না শুমহৎলিবা,
ইবেম্মা 'রাধা' বুম্ন ঙাওহল্লিবা,
কুগায়না শাংকাম্লবা থম্বালগুম
নীংথিরবা, 'মুংশিবা' হায়বতুগী
শকতমনি ।

সেপ্টেম্বর ৮, ১৯৯২

## করম্বা রাখলগী ইথিলনো

করম্বা রাখলগী ইথিলনো
ঐবু ঙাওহল্লিবা,
হিংলিবমক্তদা ঐসে
হিংখিনি, হিংখিনি
হায়না লাউহল্লিবা ;
শিরবমক্তদা ঐসে
শিখিরোই, শিখিরোই
হায়না কোয়চেন চেন্দুনা
লোংকে হোৎনহল্লিবা !
হিংনিংবগী রাখলসে
চেৎনা নপখ্রবোই
ঐগী থরায়দা,
অহুবু হায়বদি ঙমদে
করম খেন্নল্লিবা
অহিংবগা অশিবগা ?

সেপ্টেম্বর ৮, ১৯৯২ ইং

## তুমিন তুমিন, চিবোন চিবোন

তুমিন তুমিন, চিবোন চিবোন
অমগা অমগা বান্নী শান্নে,
খঙখিনি তাখিনিসু বাজৈ,
লম্বীদা, সরকতা, হোটেলদা,
লৈবাক অসিগী মচী মচী খুদিংদা।
হংনৈ লোন্না লোন্না,
কৈদৌঙৈনো কয়াম বাংলিবগে ?
শোয়ররোই হন্দক থাসিদা,
থাসিদা শোয়রবসু মথংদা,
এঃ নকশিল্পকলেদা চয়োলসিদা !
চয়োলসিদা শোয়রবসু মথংদা
হন্দক্তি শুকশোয় শোয়ররোই।
অসুম অসুম হৌখি,
চহী কয়া, থা কয়া, চয়োল কয়া
ভাইনরি 'এপোণ্টমেণ্ট ওরদর'।

সেপ্টেম্বর ৯, ১৯৯২

## হে ইমা মুংশিবী মণিপুর!

হে ইমা মুংশিবী মণিপুর!
থাদোকতুনা চংলবস্থ নহাকপু
লমদম তামনা কবিশুম্বদা,
নঙগী মুংশি শকতমবু
পুতুনা চংকনি ঐহাক্না।
পীক্লবা মৈতুম মচেং অমা
পায়রিবসে ইখুত্তা,
ইমা নঙগী শকতমনিনে,
চংলু চংলু মাইকৈদা,
থুংখি থুংখি মফমদা,
ইমা নঙগী নঙ ঙাক্তনিনে ঐঙোন্দনি।
খঙলিরোই ইমা নঙনদি
চাক্লিবা মৈরীসে নঙবু মুংশিবনী,
শিরবস্থ ঐহাকসে হেক্তা
মালেমগী মফম অমদা
ইমা নহাকী নতম্পাকনি।

সেপ্টেম্বর ১০, ১৯৯২

## পকতাকপা

( ১ )

হে মুংশিবা !
ঙাওহল্লে নওনা ঐবু
শৈথানিংবগী রাখলদা
লুপহল্লে মতম পুম্বদা।
যুগ যুগ খুদিংদা,
শীংথাদুনা লৈখ্রবনি
নওগী নতীক নয়াই অহকপা।

লোইবা নাইদে ওসিন্নু
নওগী নতীক নয়াই শীংথাবদ।
তাকপিন্নু ননাইদা
করি নতীক নয়াইবু,
শীংথারগা পেনবিগনি
নহাক্না।

চিংশিনবগুম তৌরি
নোংমা নোংমা ঐহাকপু
নখুম্না খাদা,

ক্ৰম ননীং থুংহনবা
ঙমগনি মনাই ভোল্লবনা
ইবুংঙোগী ?
হিংলিবা পুন্সিগী
অরেম্বা শরুকসে
কখোক্লগা নঙোন্দা,
পেনবিগদ্রা নহাক্না ?
ভাকপিরো লম্বেল
কদোম চৎকদবনো
চংচগে ইবুংঙো ;
চোকথবা লৈজরোই ইশাসে
ইবুংঙোনা পিনবা
শাম্বা পাংথোকপদা,
পিনবিরো শাম্বা মনাইদা।

( ২ )

হৌরকফমস্তু নহাকনি
লোইখিফমস্তু নহাকনি।
মাঙদা উরিবা উমংসে
থল্লবা মনা পুঙবা
উপান য়াপান্‌না
য়ারেক য়াতাক্মনি
নহাক্কী।

পাল্লবা তম্পাকসে মালেমগী
ইশং শংলিবা
হম্ হম্ চাউর নাপীনা,
শান্নফমনি নহাক্কী
চেন-চোংনা
ননীংতম্না।

থেক্লা খোয়না
চেল্লিবা তুরেল্না
লাইরেন মথেক
পুবনি নহাক্লা
থাবল চোংবদা নশানৌগা।

পাল্লবা সমুদ্রসে
মপান নাইদ্রবা
শান্নফমনি নহাক্কী
ঈরূপ লোংদাউ
তাউদ্রুনা।

মাইকৈ থুংনা শন্‌লিবা অতিয়াসে
ইশং শংনা লংত্রিক লংবা
শকয়েং মিংশেলনি
নহাক্কী।

কোরৌ অঙানবসে
মৈবুনগুম পুমঙাল ঙাল্লিবা
মিৎস্না থম্বালনি
নহাক্কী।

কল্লক মিহৌচাউবা মুপাস্তু
মিনুংশি খঙবা
পুকচেল চাউবা মুপাস্ত,
ননাই ঙাকনি ইবুংঙোগী।

শন্তী ওইনা পানবা য়ুম্বান
খংনা-চৈনা য়াওদনা
নোক্ক-খেনা হিংলিবা
ইবুংঙো নহাক্কা ননীংনি।

অরা-অনঙ, থেংনম্বিবা
অয়ো নাক্কে তমলিবা
ইবুংঙো নহাক্কী চৈরাকনি।

( ৩ )

ইমুংঙাল্লকপদা,
চীংথেনা ফীরুক হাংবদা,
ঙাওানবা কোরৌগী মঙালনা
হুনদোরকপদা,

হৈনম্ব লৈনমনা চুরবা
মলয়া মুংশিং নাম্বিবনা
লিরি লিরি হুম্বদা,
হৈরাং লৈরাং পাম্বীনা
নোমনোম্ নোমনোম্,
জগোই শাবতু
ইবুংঙো নহাক্কী শকতমনি।

জুলাই ৫, ১৯৯২

## অশিবগী লম্বীদা

ঐ হিংপলঙ্গগী অতুমক তুমথখারে
তুমথখিবগা মঙ মঙবা হৌরকলে,
মঙ মরোল কয়ানি
ঐনা মঙলিবা,
মংহুদা মঙ মঙলিবনি ফায়দুনা
তৌরম্বই ঐসে।

ঐগী মাঙদা মুপীগী শকতম অমা
থোইনা লাপ্পনা চংপগুম উরি,
লম্বীদু মী থোয়না চংপা উদে;
তুংদগী য়েংখিবদা মাঙদা চংলিবা
মুপাদুগী ফিজম মুত্তি
য়াম্না চংখোন্না উই।

মহাক্কী থোঙথাং খুদিং
তান অমদা থাঙবগুম তৌই

ঐগী থবায়বু খোঙথাং খুদিংদা
মহাক্কী মনাক তমনা
অসুম চিংশিনখিবগুম তৌরি,
মায়থোং অতু অমুক্তং উজবা
কংলবদি হায়না খল্লকই,
মিৎকুপ অমগী মনুংদা মহাক্কী মনাক
অতুমক য়ৌরে ঐহাক।

ফজেবু মুপীদো
মীবু মাল্লকত্রে,
মীদা অতুক ফজবা
ঐ অমুক্তা উখিত্রি।

মায়গা মায়গা ওনশিনন্দুনা
মায়োক্লনবা মতমদদি,
মহৌশাগী ইখঙ-খঙনবা
মুপা অমগী শকতম ওইবয়ে,
ঐহাক্না ঙকলুরিবদো।

ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়বকই
য়াম্না মুংশিবা খোনকমদা,
"কদায় য়ৌবিগদনবনো
খোঙবু ওইবা য়ারেদনা?"

"এঃ ঐদি লাপ্পা চৎকদবা
নত্তে।"

"লাপ্পা চৎত্রবস্থ খোঙবু ওইরদা
করি অকায়বা লৈবগে?"

"অতুগীদি করিগু লৈত্তেদা।"

"ঐবু শক খঙবিদবরা
করিনো?"

"এঃ খঙ্জদা।"

"অঙাং পীশক ওইরিঙৈদা
চাকথোংবা শান্নমিনখিবতু
নীংশিংবিরিবরা?"

"অঙাং ওইরিঙৈগী বাবু কাউই কায়বরা?
কাউদ্রিদা।"

"অতুদি বা অমতা হায়জগে
য়াবিগত্রা?"

"করিনো হায়যুনে?"

"ঙসিদি হনবিখিবা য়াদরে
মোন্দুম থুরম্বা চৎপা তারে
ঐগা লোয়ননা।"

চংসি কবি তৌবগে
হায়তুনা ঐখোয় অনী
তুংথ-মাওথ বাবা শাতুনা
চংপদা খঙহৌদনা য়োখি,
মোন্দুম লাইগী লৈফম চীংখোঙদা ঃ
টাখ্র চীংখোঙদগী লাইগী মন্দিব
ইচাউ চাউনা লোম্প্রবতু চীংদোন্দা

ঐহক্কা তাইবংপান্দা উখিব'
মোন্দুম লাইগী [illegible]না শাবা,
হোঙ্গায চত্রগা ফমতুনতা লৈবা;
মণ্ডু অতুনা কৌগংতুনা,
চীংখোঙদা লেপ্লিবা ঐখোয় অনীবু
তবান্না চঙশিত্রকপু হায়নগী ইঙ্গিং পিবগী ঃ
ঐ ওকপদা খম থেংখি
মাগা লাইগা থেংনবে
মফম অসিদা

অতুবু মথংগী মিংবুপ্তা
ঐগা লোয়নবকপা নুপী'তু
অতুমক উখিদবে,
কদোমদা চংশ্রবনো খঙহৌদরে।

মোন্দুম লাইনা হায়রকই,
"হে সুপা! নহাক মফম অসিদা
কনাগা লোয়নতুনা লাকপনো?"
"ইবুংঙো! ঐহাক ঐগী মকুপ
সুপী অমগা লাকচবনি।"
"কদায় নহাক্কা মরুপতি?"
"এঃ মহাক্তি লৈরমদরে।"
"কদায়দা চৎখ্রবা?"
"ঐ খঙজহৌদরে।"
ল ইতুনা মোমোন নোক্রকই
ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই
ভতুগা হায়রকই,
'সুপীদুবু নহাক্কা মরুপলনে?"
"মানি মহাক ঐগী মরুপনি।"
"ঐ হৌবা অমা হংগে,
নহাক খমুং কিকোয় লৌওনবী
হায়বা মিংসি তাখ্রবরা?"
খমুং কিকোয় লৌওনবী হায়বা
মিং অসি হেক তাবদা
খঙহৌদনা ঐগী পুক্কিংদা
থুক্ লাউবা অমা পোকখি,

ঐগী থরায়না হকচাংদগী
ফম্ড চোংথোকখিবগুম খল্লি,
"এঃ অতুদি ঐহাক থম্মং লৈবাক্তা
লাকলবরা?"
"মানি নহাক থম্মং লৈবাক্তা
লাক্লবনি, অমুক হনবা
য়াররোই, ঐগী নাক্তা
লৈরগদবনি।"
"করি হ্রানো ইবুংঙো!
থম্মং লৈবাক হায়বতুদি
মীওইবনা শিরবা মতুংদা
লৈরুগদবা মকমনি হায়নৈ,
অতুগা ঐদি শিগু শিদনা
থম্মং লৈবাক্তা?"
"নহাক্কা খণ্ডদবগী হ্রাতনি
নহাক শিরুবনি,
ঐগা হারী শারিবসে
নহাক্কী থরায়গনি।"
"ঐদি শিবগী মতম হাৎলি
হকচাং পাঙ্গলসু কল্লি,
চহীসু য়ামদ্রি হিংবা য়ারি
হারবদি ঐবু থাদোকপিয়ু।
"মতু ঐনা ওম্বা নত্তে,

ঐদি সুপ্নভগী থম্মৈংগী
থোঙ-ভাক্তপনি ।"
"অদুদি কনাদা হায়জরগা
য়াবিগনি ?"
"পোকপা শিবা নাইদবা
থম্মৈংনিংথোদা ।"
"ঐবু থম্মৈংনিংথৌ নাক্তা
অমুক্তা পুবিয়ুবা ?"
মাঙদা উরিবসে থম্মৈংনিংথৌনি
নহাক্তা হায়জগদবা হায়জরো
হায়দুনা ইহাং হাংবা,
মঙালগী মঙাল ঙাকতা উবা
অতৈ করিঙ উদবা
মাইকৈ অদোমদা
মথুং থিন্দুনা তাকলকই ।
ঐগী হায়ফম লৈতে
থম্মৈংনিংথৌ হায়বদু মৃত্তি ওইনা
লৈবা ওইরমদরে,
মঙালগী মশক ওইরমলে ।
মনা অহিংবা মচুগী
মুমিৎ লিশীং লিশীংগী
মঙালগা পান্নক ওইরবা,
তগুপ তরেংবা মঙালগী মকোয়দু

উবদা শুমহংখি ঐগী থবায়,
কাউখি ঐনা ঐবু,
যেংবা ঙমখিদে অপানুন্না
তিনশিনথ্রবগুম খল্লি
ঐগী থবায়সে মঙালগী ঈপাক্তা,
থাবলনা কোয়ৌগী মঙালদা
তিনশিনখিবগুম তপ্পা তপ্পা।

লৌশিং থোক্লদ্রবা ঐহাকসে
লৌশিংগী মঙাল ফংলবগুম
নীংশিংলকই ঐগী হৌরকফম
চীংমুংগী সনা লোকতু,
থবায় চেক্লাগী কায়দোংফম ওইরিবা।

ঐবু হিংহনবিযু!
ঐবু হিংহনবিযু!
ঐবু শিহনবিগনু!
ঐবু শিহনবিগনু!
লাউই হন্না হন্না ঐনা।
খঙহৌদনা মিববা
খোঞ্জেল অমা তাবগুম চৌখি,
"শিরবদবু হিংবা য়াবরা।"

অক্টোবর ২, ১৯৯২

## করি লৈনম চেনবা লৈরাং
## শাংলকখিগনি অমুক

লমদমসিদা মতমসিদা
কবম্বা মফমবু
করম্বা পুংজাবু
লৈরিবগে হুংঙন্তৈন
পুক্নিং লৈতানা
পোত্থাবা য়াবা,
পুন্সিগী মৈরকসিদা
লৈত লায়রগী
খুন্নাইগী চংনবীগী
থ্বা, শাক্লবা
পন্‌ কয়াগী
মতম মতমগী
য়াঙ্গনগী অকনবা
নোংলৈ হুংশিং মরকশিদা ?

ঙরাংত নত্রনে ইমা।
নহাক্না মহারানী থোংখোঙদা
পোঙহরাই মপুন খর
মাঙদা থারগা
ঐবু লৈররাউ কৌশিনখিবহ্নু।

নোংমন্থু থেংনখি
কৈথেল চাকরাইবা মতমদা
থাইনগী লৈরাং অমনবা
মলল মলল লৈম্নুংশি
খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা,
চৌরু–চাইনা ঙমত্রবা
মীয়াম মরক্তুদা,
নোক্লকখি কুন্দোপ্তম ঙৌরবা
য়াতোন পরেং উৎত্নুনা
খঙহল্লকই মিংয়েংনা,
"হিংদবদি য়াদবনিনা
কৈথেল কাবিবা"।

হিংবগী করি অর্থবু
লৈবিবগে মেনশিনখ্রবদা
লম্বী খুদিং অশাগী,
থৌনা কনা লাম্থেংনবদি

লায়রক্নুনা চুন্না লেপ্লকাও
ওয়কত্রবা খুনাইগী ফিভমসিদা,
নোংমা নোংমা হোংলকলিবা
মীওইবগী পূকচেল মতাসিদা,
মীনা মীগী মমল খঙনরক্তবদা,
ঙানা বা ঙাংগে হোৎনবদা
ঈশিংনা পনবগুম,
অনীংবা অপাম্বা বাখল
অমকাও ময়েক শেংনা
ফোংদোকপা য়াম্রবা তাপ্পাসিদা।

ঙবাংদা চারা বাল্লম্বা অঙ্গোনা
মাবু হেক পোকচবা,
মমা মপাবু বারক বাতেম্বগী
খূজী খুত্তা পায়শিনগ্রবা
থক-খা ওন্নরবা যুগসিদা,
মোৎলবা অপুম-অশা
নমথী-হানৈ মপেনা
তাত্নুনা শেমখৎবা
খুন্নাইগী লৈরোন্নংসিদগী
করি লৈনম চেনবা লৈরাং
শাৎলকখিগনি অমুক্‌ !

অঙ্গবু চৎলবরা ইমা মহাক্তি
অরা মুংঙাই পথৈ ৱাংমদা,
শিন্নরম্নগা শিন্থা পুম্বা,
ঐবু নাউয়োক নাউকোনবগী
মোনম্নু তালোই মুরুম্বীদা ?

মানি মহাক্তি ইমাগী
শাইগন্নি অশেংবা !
লৌহৌববনি হুবাউনা
ইমাগী শিন্থা ;
ভুমিন্না খাঙলি,
ফুমজিন্দুনা থমলি,
হিংবগী অরা-মুংঙাই মৈশা,
কোনবিবি ওসিগু মহারুগা
শুরুগা মমলা অহিংদা,
মুৎশি মুৎশি মৈবীদা,
ফাওরক্লি মুংশিবা মনম
ফ্লুং ফ্লুং লাউনা
চেঙহী শম্বাল লাংবগী,
মুংওলহল্লিবা মতম পুম্বদা,
শকতমনি পলেমগী
ইনৌ নৌবা চেংলৌদা,

য়েংবগী পেনবা নাইদবা,
মীংশিংহল্লি নবা ওইরিঙৈ
ইনীংতম্না শান্নজবা মথাম্নুংদা,
পলেমগী খোম্লাংদগী
হেন্না খোইথুম্নবা খোম্লাং
পিথক্লনা ইংহল্লি থম্মোয়,
মশাগী হায়বা খাক্তথৈ
থরায় হকচাং অনীগী
অরৈ' পুম্বা থৈনা
পিথোকই পলেমগী মতৌগুম,
পিবিরি নুংঙাইবা রাখল
নুং-পান অনীমক্তা,
খঙহল্লি হিবগী মহাও
পোখাহল্লি পুন্সিদা
মিংকুপ অমত্তা ওইরবস্তু ।

অক্টোবর ২৫, ৯২ ইং

## ঐসিবু করিনো?

ঐসিবু করিনো?
ঐগীনি হায়না কৌবা
মাবা কন্নিবু লৈরিবগে!
ঐগীনি হায়না খনজরিবা
ঐ ইশা ফাওবা
ঐগী ওইরমদরে।

পোকপা, হিংবা, শিবা,
অহুমক ঐগী য়াংমদা
লৈবা পোৎলম ওহাকনি।
পোকপসু মহৌশা
শিবসু মহৌশা
কন্নিদি লৈহৌরি ঐগী
ঐসু মহৌশাগী শরুক
অমা ওইবা তারবরা?
মানি ঐসু মহৌশানি।

ঈশ্বর হায়বনা কবিনো?
মহৌশা হায়বনা করিনো!
ঐগী মফমনা কদাইদনো?

শোয়রোই ঐস্থ মহৌশাগী
চাউরবা অহৌ-অরোই নাইদবা,
চক্রগী খোউচক্তগী চোংথোরকপা,
খঙদবগী ঐনা নাইতোম
ওইরবোই নীংলুবা,
নাইতোমদি খক ওইবা
য়ারোই মহৌশাদগী।

ঈশ্বর হায়বস্থ
মহৌশা হায়বস্থ
পোৎশক অমত্তনি।

ঙসিস্থ উংলি চৎলি
মহৌশাগী খোঙচৎ
খক লেপ্পা লৈত্রি।

করিগী তেংথারি থরায়
পাক্লবস্থ পীক্লা
নওগী নফম চাউনা লৈরি,
হিংখিসি চাউথোক্লা
হিংখিসি ঙসিস্থ
হিংখিসি হয়েংস্থ
অস্থম্না অস্থম
মহৌশাগী মহৌশা।

নভেম্বর ১৬, ১৯৯২

## পাক্কল

মমৈবু ময়ানা চীকপা
মমৈস্তু মকোকস্তু লোৎপা
মহৌশাগী চাউরবা চীংলাই
অসিদা, হে মীওইবা!
নহাকত্তি ময়ায়নি লেপলিবত্তু
চৎলিবত্তুস্তু পুন্নমক্কী ময়ায়দনি.

হৈ-ন চৎলু করম্বনা মমৈনো
কদোমদনা মকোকনো
নহাক থঙলবরা?
চাউরবা পাক্কলসিদা পাখঙবগী
মথেক মথেক থেক্লবা
মরৈ মরৈ তাশিল্লবা
হন্না হন্না খেংশিন্নরবা
লম্বীসিদনি চৎকদৌরিবা নহাক্না,

লম্মী লাল্লবদি মমৈদা হনজিনগনি
কৈদোম্নুংদা য়েৌবা উমলোই পন্থং
পুন্নমক্তী মকোক কোকলেন্দু।

তাননরিবসি লমজেন্দ মাওথাবা
চেনশিন্নরিবসি লম্মীসিদা
উহাক চীক্ল চাইন উমদনা,
নোংমা নোংমগী চৎনরিবসি
মিংকুপ পুংজা কাংদথৈ,
পন্থং ভমনা চৎলিবনি।

লাও চিংনকুগন্নু!
লম্নুক্রে খললিবরা?
নথরায়দা পীকথগন্ন
নপূকচেলদা পাংশোই নাইগন্নু
নিংয়েংদা হোংগন্নু
নোংমৈ চীন্দোনস্ত্র কিক্লগন্নু
থাংগী ময়াস্থ থৌশাক্লগন্নু
পরৈদা চেৎলু নীংবদা,
থম্মোয়গী অশাংবা অভিয়াদা
থোকলিবা থাজদো,
খুৎনা লাম্বা ফংগনি

নথাদা কোনবা ভমগনি
নোংমা নত্রগা নোংমা,
নহাকপুদনি য়েংনরিবা
নহাকপুদনি শোন্নবিবা
নতৌদনি তমনরিবা,
হে মীওইবা! হে মীওইবা!

নভেম্বর ১৮, ১৯৯২

# পৃথিবী

হে পৃথিবী !
থাম্নমদ্রবদি নহাকনা ঐবু
অতুঙৈগী ঐগী রাখলত্নু,
শুকশোয় শোয়দনা
যৌরমগনি ঐহাক পাতাল,
নম্রগা,
স্বর্গদা কাথংলমগনি
লাইরৈবাক্কী নীংথিরবা
লৈকোন অমরাবতীগী
ইংলবা মতম্বাকতুদা
পোত্থাত্নুনা লৈথোক্লমগনি,
চহী যুগ মশীং খঙদবমথৈ

অত্নুবু ওইরে ঐ ঙসিদি,
লৈকংলাদা হৌবা
তিঙখং পাম্বী,

 থা অসিনা তারুগদবা লমদমত্নুদা

ইশা পুম্নমক
হুম্নবা থৌরবা
থিঙখংনা য়োম্নবা,
মীনা ঐখু উবদা
হুচুংবা তুক্কচবা পোকলবা।

ঐ খঙই নহাক্না শামলিবদি,
ঐহাকসে চীংয়াগী
ভম্পাকতা নাইত্রোম ফজব'
অশংবা ঈশিংনা
নীক নীক লাউবা
পুখ্রীদা শাংপা
পম্বাল চাম্‌'নিশালগুম,
অযুক্কী কোরৌ মশেক্না
য়েবদা অহিং লীক্না
নবিক মরিবকনা,
থম্বালগী লৈনা খুদি
নদি মুক্তা থাম্বগুম
নী'থিবা মায়থোংনা
নালেমগী হিংহাসন্দা
লৈতেংবত্থ ওইরমগনি।

অদুবু নহাকতি খাঙ কনবিদি
খাঙখো য়েংখো,

ঐনা লৌরকলিবা শকলোনসে
নোংমা নোংমগী,
ঐদি নৈকংলাদা খোকপা
থাউগী ঈফুংনি,
হৌজরকন্নু ঐঙোন্দা
মৈরিক অমতং চোংবদা
মৈগী চীংগুম পোকথায়রকনি,
চাকথেকনি মালেমসে তুম্না
মিংনা কুম্নদা,
ঐগী তৌবা ওম্বা শক্তিসে
মতমতুদা খওলকনি।
হায়বিযু পৃথিবী,
মতমতু শোয়দনা লাকনি
মতমতু শোয়দনা লাকনি।

নভেম্বর ১৮, ৯২ ইং

## ঐগী খোঙচৎসিদা

ঙরেপ্পা লৈতনা চৎলকলিবা
ঐগী খোঙচৎসিদা,
করিগুম্বা মখল অমগী
অথিংবা অকায়বা পিরবা,
মফমদু ঐগী কুরুক্ষেত্রনি ;
ইচুম চুম্বা ঐগী খোল্লাওসে
তাবিব্রবা মখল কয়াগী
উপায় থিদুনা হোৎনথিনি
ঐবু অমুক্তংদি শকখঙবিনবা,
অতুগা হনদি হল্লরোই
ঐগী থাংজিনগ্রবা খোঙথাংসি ।

মাঙদদনি ঐনা চৎকদৌরিবা,
তুংহন্না কৈদৌমুংদা য়েংলম্লরোই,
হৌখ্রবগীদমক ঐ মুংনাংলরোই,

হুমহ্না পুগনি কল্লবা নোংলৈ
হুংশিংকী মতৌগুম শিংথরমগনি,
লংথরমগনি ভারত মহাসাগরদা,
মালেমগী ফত্তবা অপুম্বা,
পুন্নমক মন্না ফুক্না মাংহল্লমগনি।

মীনা মরেং মরেং চংলবা মালেমসে
ওইদরে মীগী মশায়কোন,
থাজবা মাওথরে মফমসিদা ;
হংনরকলে মাগী অশেংবা
মশায়কোনবু নত্রবরা ?
ঙায়োক চফুরা ? নত্তে শারংলা,
কৈ নোংশাগী য়াতাফম ?

য়াওন্নি ঐদি মতম মতমগী
নত্তে যুগসিদা লোইগদবা
চংথখিগনি যুগ যুগ খুদিংদা।
মীওইবগী নীংতম্বা মাওথরে
জাৎ-বীজাৎ থায়দনা,
মুপা-মুপী থিদনা
অচৌ অপীক নাইদনা
খুংশন্না হিংমিন্নবা খুন্নাইদু।

য়াওন কয়া লাকখরে
য়াওন কয়া লাকখিনি,
হোংলকলি মালেমগী শকতমসে,
শকতম লাকপা ওমদথৈ ;
মাওংখরে মহৌশাগী থাজবা কয়া,
শিলহৌরে অনৌবা কয়া' মনা,
পৃথিবীসি পোত্থায়গদৌরি
য়াওন কয়াগী চাংয়েংদা ;
রাখলগী শক্তিবুদি পাঙ্গলগী
শক্তিনা হেন্না ইকাই খুম্নরি,
অহোংবা করিমতা লৈতরি ।

নভেম্বর ২৪, ১৯৯২

## কুমগী নোং

য়েংউনে হুংশিবা !
নোংপোক থংবা অতিয়া মকোয়দা
অরোই অথম্ লৈংনা কারকলিবা
দলান মথোন মথোন মানবা
অঙৌবা অমুবা লৈচিন মপৈ মপৈসে,
নোংপোক নোংঙৌরবনি,
কুমগী নোং লাক্লবনি,
শোম্নরবোই শোয়দনা হৈথররগনি,
ঐখোয় অনীগী লায়বা খাঙপোক
মথকসিদা, অতম্না, অতম্না,
যাংতেক মপাদা মচা মচী খুদিংদা,
অহোৎগী অহোব মক্তা,
মকম কৈদনো ঐখোয়না খাঙগদবা
অরেপ্পা লৈতনা ফুথরক্লগনি,
কুমগী নোংনা।
উ:য়নে হুংশিবী !
লাকলেনে কুমগী নোং,
অমুবা ফিজোল থোক্দুনা,

মৈতৈ লাম্মীগুম শাফি-লানফি,
থেংনগে হায়বা মতাগুম লৈরম্বা
অমা হেক্তা যেক্লবনি খন্দুনা,
করি কবম খাঙসিগে
হায়জবগা চানবিগদ্রা ?
হে অথৌবা।
নত্তে ঐখোয়দি য়েক্লবা নঙগী
লাযববনি ঐখোয়দি ডাকথোকচবা
ঙনদবা নংগী শায় অকনবা,
তেকখিবা থোক্লবদি লায়ব খাঙপোকসে
কাং-খোং চাইবনি খনবদা
পুঙমদবে থম্মোযসে,
ঙ্গাযজবিবসিনি নযমদা কনবিযু
খ্বাং চাংজৌ ভবা লোন্নজুনা।
হাযজৈ হাযবা মতীক অথোই নাপন্নজুনা,
খাক্লা লাউনা মমিং লিশীং লংথোক্লুনা,
ফুথবকই কুমগী নোং,
শিবসন্ন মতাগুম লায়রবা,
যুগসিদা মাস লাইস অমত্তুনি ;
ইমা ইমা কৌজুনা খাঙই,
লাযববা। লায়নবা। লাযববা।

ডিসেম্বর ২৫, ১৯৯২

## মনীংথোঙ্

মর্নাংথোঙ্ ! মনীংথোঙ্
কান্নেদকো নহাকসে,
নহাকপু লৈরমজবদি
ঙসিগী খুন্নাইসিদা
হিংববু ঙমলোইদা,
মীনা থীনা ঙাংনগে ঙাংনসন্ন
মনাথোঙ্ ! মনীংথোঙ্ !
কাউবা য়াদে মনীংথোঙ্ ।

নভেম্বর ২২, ১৯৯২

## চীংগী হারিনি ঐদি

চীংগী হান্নিনি ঐদি
চীক্লবা চীংমুং মান্নংনা
ঐগী ইশায় কোম্নি,
থেংলবা অহিংনা
ঐগী শান্নবা মতমনি,
লোক অনী কারক্কেগী
চেন্থরকপা লুন্নবা
চীংজুম লাইজত্থু
থক্লুনা হিংবনি ঐদি।

ঐনা শকলিবা ঈশেসে
ঐগী থম্মোয়না পেন্নবা শকচবনি
কনাবু পেন্নবা শকপা নত্তে,
চীংখোঙদা ফাওবা ঈফুৎনা
অরেম্বা লৈতনা তম্পাক
কমনা চেন্থক্লিবগে য়েংবনা
ঐগী মুংঙাইরবা কুম্মৈনি।

নভেম্বর ২৪, ১৯৯২

হে পুন্সি !
শৈরেংনি নহাকসে শৈরেং
মপু মানা ইবা
শৈরেং
নুংশিবা হায়বা অসিনা
নুংদা চেনবা ঈচেলনি,
শৈরেংগী থুপ্লবা ।

কে. তোম্বি সিংহ